# "লৈই অমসুং সনাগি শজি"

ক্ষেত্রি শান্ত কুমার

ক্ষেত্রি পাব্লিকেসন্স, সোনাই, কাছাড়

# LEIE AMASUNG SANAGI SAJI

( a collection of Manipuri Poems )

*by Kshetri Shanta Kumar, 1996*



অহানবা ফোঙবা : ডিসেম্বর ১৯৯৬ ইং

অফোঙবা : ক্ষেত্রি পাব্লিকেসন্স গীদম দিল্লিপ
যুরেম্বম না ফোঙবা ।।

কপি মশিং : ৩০০



নম্বা : তারকনাথ প্রিন্টারস, সোনাই, কাছাড় ।

মখুম য়েকপা : থোকচোম ব্রজেন্দ্র



মমল : লুপা ২০

লাইব্রিক হৈহৌদ্রবা ঐগী পাবগুম্না চোকথবা

খংদনা হৈখোঙ শোমলিবশিংদা ।।

# ৱাহৈ খরদং

ক্ষেত্রি শান্তকুমাবগী শৈরেং ( ৩৬ ) না শাবা "লৈই অমম্মুং মনাগি শজি" হায়বা অহানবা খুৎই শৈরেং লাইরিক্কী মেনুস্ক্রপ্ট ওইনা পারে। নহা ওইবিবা অইবা অসিগী অহাণ্বমক্তদা ইথোবল্লিবা খুৎই অসিনা তাবপদি করিনো অমা সোইদনা তৌবক্কদবা মাল্লে। অইবগী খোঙজংদি an escope into life নি হায়বদি পুন্সি ইথৌদা খোং থাংজিনবনি। মহাক্কী থম্মোইদা কাউরকপা ঐখোয়গী জাতি মচা অসিগী ৱাহং কয়াগী পাউথুম থিবক্লি। নোংমা নোংমগী লেপতনা হোংলকলিবা সভ্যতাগী ঈচেল অসিদা মশাগী অশেংবা মশক ফাওবা ঈবাক্লবক্লি মীওইবা। "ইশৈনা মযেক শেংলকলিমখৈ / ইপোমম্মু কনশিল্লকই / ঐখোযগী হি-নম্মু লুপ-শিনখি / অম্মুম / অম্মুম॥ ( ইবাক্লবা )

অইবগী মীৎয়েং থাজবা, নীংতম্বা মাঙখিতুনা চিংনরকপদগী শিবা ফাউবা কিবকত্রে, থাজগী অইংবা মাইথোং কাউবা আশাবা মৈঙুম্লক্লে "অয়োবী থানা শানা শন্দোকলিবা মৈচাকশি খাংলতুনা / লাইশঙনুং-সিদা" ॥

শান্তকুমাবগী শৈরেং লাইবিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেং খরদি ফজনা নৈনবা যাই। অদুবু মতাং অসিদদি ওইথোকতে। লাইরিক অসিগী মপুং ওইনা য়েংবা তারবদি অহাণ্বা খুৎথা ওইবনা নহা ওইরিবা অইবা অসিগী চপ-চাবা ফীবেপ অমদি লেপ্পা ঙমজদ্রি। অদুবু শৈরেং খরদা ৱাহৈ খনবগী চেবশিনজবা অমদি কবিতাগী মুত্তি শাগৎনবা কন্না হোৎন-জবদি উবা ফংই। মথং লাইবিক অমা অনিতংগা পুংথ'রক্লবদি অইবগী মশক চপ-চ'না খঙবতা নৎতনা ইতোপ ত্তোপ্পা খোঞ্জেল অমগা লোইননা মণিপুরী সাহিত্য লৈবোন্দা মহাক্কী ফীদা চাউনা ফংলগনি হায়বগী থাজবা লৈরে।

শিলচর — নহাক্কী ওঝা

তাং- ৮/১২/৯৬ ইং — কে, এন, চান্দ

# ব্রাইরিক অসিগী মরমদা পিবিরকপা মোত

পুন্সিগী চরাংনবা খোংচৎতা কবিনা মথল মথা রাখল ময়াম্মা মহাক্কী শৈরেংগী জগৎসে শাগৎলকই। করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়গী পুক্নিংদা পানলি। করিগুম্বা মতমদা কবিনা হায়নিংবা রাদো য়াম্না ফজনা মশক উৎলমদনা দোকুমেন্টরী ফিল্মগী মতৌগুম্না ফৎ ফৎ উৎলমলগা মাংখিবা য়াগুই। ফিদম ওইনা শৈরেং অমত্তুং পনবা তাররদি— "নোক্কনবীদো"। অতুগা কবিনা তৎতনা "লান" অমগী রাকম পল্লি। ঐনা কুপ্না পাহুনা য়েংবদা কবিনা পামলিবশে করম্বা লাননো? খরা হেন্না ময়েক শেংনা ফোংদোক্লবদি য়াম্না নুংঙাইগনি। কবিগী রাখলদা "আদর্শ" অমা তৎতনা থিবা থেংনৈ। অহুনা ওক্কবী অমম্মুং নিশা পামদবগী মায়োক্কা কবিনা ফংজবা অভিজ্ঞতানা শৈরেং খরা ইহুনা ঐখোয়দা পাহনলি। মহাক্কী হায়নিংবা রা পুন্নমক-শিগী মনুংদা সমালোচক ঐনা থিরিবদি কবিগী ফজবা লৈচন অমতংনি; —মহু ঐনা ফংনৈ —"অহিংসিদা উ:চেক মপিশিংনা নুমিৎ শুত্রিবা মচাশিংবু য়েরুমনুংদগী কৌথোক্কুনা লান তম্বীরী॥" ( শিংলিদা তৌরকপা টেলিফোন ) অসিগুম্বা ফজবা লৈচন কবিগী শৈরেংদা মরক মরক্তা ফংবদা কনাগী পুক্নিংদা নুংঙাইবা পোকহল্লোইদগে? মরমশিনা কবিগী শৈরেংশিংসি পাবা য়াবা শৈরেংশিংনি। তুংগী আশা ঐনা চাউনা থমজরি। কবিবু হন্না হন্না থাগৎলি॥

তাং- ৩০-১১-৯৬ ইং

সৌগাইজম ব্রজেশ্বর

# অইবগী ৱারোল্

মতম কুইনা শৈরেং লাইরিক অমতং ফোঙগে খল্লকলগম্মু লাইরিক ওইনা ক্ষোংলমদাইশিদদি তশেংনমক ঐ কিবা পোকই। বরিনা হায়ববু অমুক ফজরবা মণিপুরী শৈরেংগী ফিদা অসিদা ঐনা অমোৎপা ওইনা তৈশিল্লুরগদ্রা খনবদা॥ অসিগুম্বা চাউরবা থবকশিংসি ঐগী ইতিকী ৱাংমদা লৈরগম্মু ঙসিদি খংহৌদনা ইমাংদা থেংনরকপসিদা কিমনবনা থৌনা পুথো-রকই ঐ॥ অম্মুম্না ঐগী মিপাইরবা ৱাখলশিদা থৌনাগী ইনোৎ হাপ্পীরক-পদি থোকচোম মেরাবাবু ক্ষেত্রি গৌরনিতাই অমদি ইরোম কুলবত্তিনী। লাইরিক অসিগী মরমদা ঐনা মুংশিববা ইয়াম্বা অনি মোইরাংথেম রাধা-মোহন অমদি বিমল ৱাহেংবগা তোয়নমক তান্নজৈ। অরান অছুই কয়া চুমথোকপীরকই, হেন্না মপুঙ ওইনা ৱাবিথিবদি ক্ষেত্রি দিলিপ ক্ষেত্রি মনিক-চান্দ অমসুং থিকনাম গঙ্গাসিংহনি। থোকচোম ব্রজেন্দ্রনা মখুমগী লাই য়েংকপীবকই। লাইরিক কোংবগী নুংঙাইবা ৱাখল মরকশিদা প্রুফ ককপগী অৱাবা অমুক লিংৎশিল্লকই। হকথেংনরিবা অৱাবা অসিমক ঐগী মরূপ অনি থোকচোম বিক্রমজিৎ অনদি ক্ষেত্রি বিনোদ কিগাও শানা নিজখি॥ তশেংনমক হায়বগদি ওঝাশিং, ইয়াম্বশিং অমদি মরূপশিংগী শিংবা ঙম্নরোই-দবা লমন কম্নামদি তোনশিল্লে "লৈই অমসুং সনাগি শজি" ফোংনবা হোৎ-নবদা। অমরোমদনা ঐ হবাওই ঐগী শৈরেংগী অনৌবা মরূপ কয়া অমা থেংনবদা॥

লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৌদোক মতেক খরদং ইবিরকুবা ঐগী নুংশিরবা ওঝা অনি সোগাইজম ব্রজেশ্বর অমদি কে, এন, চান্দ গী মফমদা

হায়জরুই। ওঝা অনিনা অচিনয়া কয়া কাইথোকপীদুনা য়াহৈ খরদং ইবির-কপগীদমক থম্মোইগী ওইবা থাগৎপা থমজরি। লাইরিক অসি নম্বদা অশোয়বা কয়া য়াওখিবনা হায়বদি য়াহৈ খরা শৈরেং খরদা হন্না হন্না শিঞ্জি-নবা থেংনগনি। হেনদোক্না "থাবলচোংবী" হায়বা শৈরেংগী চেমায় খরদা শৈরেংগী পরেং অমথক চিথহোদুনা ইথুৎনা ইশিংবা য়াওখরে। কোম্না থংল-ক্নুনা ঐনা অমুক অরেম্বা চেনাশিংদা হাপচিঙ্খি॥ মশি ঐগী অশোয়বনি। ঐনা চেকশিনহৌদবনি। অশোয় অঙাম য়াওদনা ময়ামদা শিন্নজবা ওমজদ-বশিমক ঙাকপীগনি। লাইরিক অসি নম্বদা শেলগী মতেং পীবীরকখিবা ঐগী মামো অনি অমদি মরুপশিং অদুগা শেলগী থোইনা থনবীদনা লাই-রিক অসিবু নম্বীখিবা তারকনাথ প্রিন্টার্সগী দিলিপ দাস অমসুং শিবানী নাথগী মক্তমদা তৌহীমল থংবা উৎচবি। অরোইবদা লাইরিক অসি অশোয় অঙাম কয়া অমগা লোয়ননা মীয়ামদা শিন্নজরে॥

১০ ডিসেম্বর ১৯৯৬ ইং

ক্ষেত্রি শান্ত কুমার

# য়াওরিবশিং

॥ লৈই অমম্বুং সনাগি শজি ॥

# শিংল্লিদা তৌরকপা টেলিফোন

লানফমসিদা

তংলবা হকচাং শিংলী নাউরী পুম্বা ঐগী

বিজুলিগী ঈচেল থাজিল্লী

হল্লকপা ভাইনা লৈ পরেং লেংহৌবী মানা—

হুগম্বু কৌরকই·········

তুমথরব্বরা ?

পাওদবা নঙবু !

ঈগী মৈচাক ফংলবা লানফমগী চবুকশিদম্বু ॥

অহিংশিদা

উচেক মপিশিংনা

নুমিৎ শুত্রিবা মচাশিংবু য়েরুমমুংদগী কৌথোক্লুনা

লান তম্বীরী ॥

অহুনা

নঙ

তমথিরকখো ওম্বমখৈ য়ানা

ইরৈবাকৌদমক

হৌজিক লানগী মতমনি ॥



## নিংশিঙবা

অওইবমক :

নিংতম্নবদি লৈনা চেন্দবা ময়েকশিংশিনা
লশিং মফোনগুম, মিরাইরকখিম্নকো তবাবা
চিনবান্দা অঙাংবা মচু হিদাম্নবগী ॥

নিংশিঙলক্লগম্ম কোকথুম্নরদুনা নুংশিবগী তোন্দোরকপা
শবু মিৎকুপমতং শাবী ইনেম মচাও পামুবী
মোমবত্তি ওইনা চাকই ঐ তুলসিবোংদা সন্ধ্যা থুদিংগী ॥

হকথেংনরগদি অতম্নবা কৌনরগুমশিনে নঙবু নাচোমগী লৈরাং ॥

খোবোমনগ্রগদি লৈ অমস্তুং পুন্সিশিং
নাইতোম তাবা অহিংশিংদা, অতোম্বীগী মচাগী
পি-শিংগা ইরোইনবা নাউশুম ইশৈ ; শরুরগম্ম নঙনা
শিংলিনুংদা ইরোইরিবা চেগী হিনাউশিং ক্ষিবান যুশিন্নকই ।
লেমহৌবদি নিংশিঙবনা ওইনশি চাকথোংবি শাম্নবা মাঙোল কাচিন্দা ॥



## চিঠী

ঐগী নুংশিরবী :-
কুইরেদা উখিদবা
কমদোরিগেনে নঙবু
থরাউ ওইবী
নোংডাল্লকপদস্থু লৈনম চেনদবী চেগী লৈ ।
নোংডালকপদস্থু লৈনম চেনদবী চেগী লৈ ॥
নুংশিহুনা লৈ
নঙবু নুংশিহুনত্তা লৈ
চেক্সেং শরদা য়োম্হোক্লহুনা পুন্সিশি
মিৎ-না চোইদবা লানফমগী চবুকশিদস্থু ॥
মিরাইরক্লগদি
ইচুমন্তাবীদা নাউত্তমবীবস্থা লাইথিশিং
মিকপখোম্ন। নিলগনী ; নঙগী লৈচিলগী যুম ॥
অথেংবদা
ময়াক চেনবা রুশকী হুমাং মবিকশিংনা
পুরুলিয়ায়া য়োম্হোকখিবা
খোইদৌ শিকপা নুমিদাংশিংহু অহিংগী
চেক্লাশিংনা পাইরকই লানবাউ পুরহুনা
পাওদবা নুমিৎশিং
তনগনবা নোংচুবা নিংথমগী অহিংদস্থু ॥



হৈজিক লাংবা

শারবা নুংশা
য়ক লাউবগী খাঙমদবতু লৈনা
হৈজিক লাংই
মপুন্সিতু
মপোকশিগী নুংঙাইজবা ফোংদোক্লতুনা
মীৎকুপ'মদা মাংখিগদ্রা নত্রগা তুমখিগদ্রা
চিংনবগী ।



## কৈথেল হুই

অমিদাংরাইশি
মহাক রাখল য়াম্না খল্লি
অহিং চুপ্পা মিৎশেন থাংহুনা চেক শিঞ্জরিবা শহরশিগী
মতুগী
মচাগী
মরী মতাশিংগী
লৈ শিংগী
মবাইবক্তা নোংমৈ মকশিংনা চেন চোংহনা শাম্নবকপদা ॥



# অমম্বা ইতিহাসকী ফক্লাং

ঙসিদি

নঙগী নিশাগী চোইববা মমিংশিংগী মমাঙদা

মাইথিরে ঐ

কিজুনা নত্রগস্থু লাংশি পামলুদবগী ॥

অহোয়নজুম

অঙাংবা উচেকশিংনা মজুম শাবা নুংথিলদা

নঙগী চিরবান্দগী পাথোবকপা ঈ-শিংনা ইবজবা হকচাংজু

য়েংনিঙদনা যেঙি ।

মজুননি ঐনা

নঙগী নমাঙদা বন্দি ওইনা লেপলিবা

থৌনা পুম্বশি ঙিবৈমুংদা চেৎনা লোৎশিঞ্জবজুনা ॥

মতমশিদা

খুৎ থাববা লাম্মীশিংদা

থৌনাফবা শাগ্রিবা নঙবু ঐনা

থাগৎচবা ঙমদনা লৈ ॥

ঐস্থু থংই

যুগশিগী

অঙাংবা ঈরিকশিংনা আবিরগুম চাইবা

লৈশিংগী হাবী ॥

॥ লৈই অমসুং সমাগি শজি ॥

মীৎকুপশিদা

লান হায়বশি মীগী থম্মোইদগী হৌরকই নুংশিথবনী।

তৌবগীদি

লানফমশিদবু অশোকপা হকচাং, ঈ নত্তনা করিবু উকখিদগে!

অতুনা ঐনা ইশিল্লি

মস্তরবা ইতিহাসকী অমম্বা কক্লাংসিদা

মীতম্বালশিংগী রারী

মোংফমশিংদা লৈনা অমুক শাৎলকনবা ॥



## লিক্লি অমসুং ঈগী শহর

নুংখিলহুনা

লৈ পরেং ওইনা শিবী

নমথেকুনা

অঙৌবা হকচাং, ঈ অমসুং কোক পরেংশিংনা

অঙৌবা হকচাং, ঈ অমসুং কোক পরেংশিংনা

হাইওমদনা শন্দোকখ্রিবা

মাগী শহরশি

শিংনরহুনা ॥

অমম্বদা

চেকশিঙবা নংহোদনা শম্বুলদগী শমলাংশিংনা কিন্থখিবা ও !!

অহিংশিনা

ঙাকপা ওমদনা কিন্থখিবা শহরশিগী ব্রাসীশিং

তামহৌরগনী ॥

নোংঙাল্লকপদা

মচি মচিদা

চোইনা তাবা অকাইবা লিক্লি মচেৎশিংনা

শহরশি

ঈরং লংনা উই

ঈরং লংনা উই ॥



লৈই অমম্মুং সনাগি শক্তি ॥

## ইরাক্লবা

মতম চংনা তাওথবক্তে
য়েনেখা তম্বা ইচুমতাবীগী লশ্বীশিদা
চেগী হি অমদা
ঐ অমম্মুং লাইথিশিং ॥

ম্বাচংলকপদা
খোংলম মচাশি
নাউশুম ইশৈনা নিললী
লৈশাবী মমাতুগী ॥

ইশৈনা ময়েক শেংলকলিমথৈ
ইপোমম্মু কনশিল্লকই
ঐখোয়গী হি-নম্মু লুপশিনখি
অম্মুম
অম্মুম ॥



## 'ঐগী নুপি"

নুমিৎনা অশাবা অচাকপা মৈবুল ওইনা লেপলিঙৈদা
ফজবা পুম্বা মাগী ওইনা শেৎচিল্লগা জগোয় শাই
ঐগী নুপিনা
ইংৎপ্পা নিংথমগী অয়ুকনা খুৎশিন্নবা লৈচিলগী খুথেক ॥
চংখি,
অঙানবা অচাকপা মৈবুলশি ওক্তবীগী ফিজিন্নুংদা
ঐগী নুপিনস্থু
চাবা হৌরকই লৌথোক লৌথোক্নুনা
শরুদা পকপা শদোং পুম্বা ঐগী ॥
ওইরে হৌজিকতি ঐ
শরুগী মুর্তি
ওম-.থাইনা হিদেন তাকমদা য়াহিপ্পা ॥
থাজগী মঙালবু
শঙ্গোম মপাঙ ওইনা উরকপদা
ঐগী নুপিনা
শেৎলিবা মফি পুম্বা লংথোকখি
'তুদগী লাওরকই
"ঐনি মালেমশিগী লন ॥"
অমুক লৌথোরকই

## ॥ কৈই অমম্বুং সনাগি শঙ্জি ॥

অচাকপা মৈবুলশি ওক্তবীশিনা ফিজিন্নুংদগী
ঐগী মুপিনম্ন
ওথোক ওথোক্তনা চাথিবা পুম্বা
য়োমশিনবা হৌরকই শরুশিংদা ॥
লোয়নবা
মতৌ মানবা চিন মেনবা মিনোক অমনা
চাইখাইরম্মী
মোংফমশিংদা হৌজবা নাপী মচা মচাশিং ॥



## অরোইবা মঙ

য়েন্নিংথানা
ঙাইহনা লৈ
উচেক শঙ্গুশিংনা পাইবকপা যেংনা।
উচেকশিংনা কৌবী য়েন্নিংথাবু
লানফমশিদা
অংশোকপা হকচাং পুবহনা
মঙ মঙলি
মোংফমগী উফ্‌লুক্তা ॥






শুম চারবা মুত্তি

মুখিৎমুংবগী

বন্দি ওইনা লৈ

অয়োৌবী থানা শানা শন্দোক্লিবা মৈশাগি খাংলদুনা

লাইশঙমুংশিদা

মপুন্সিদু

মপোকশিগী নুংঙাইজবা ফোংদোক্লদুনা

কান্নবা লৈ অমকাওবা থারমখিদ্রে হায়বগী মরালদু ৈতনরদুনা ।



॥ মৈই অমস্থং সনাগি শক্তি ॥

# থবাইগী লৈকোল

অস্থমনা হিংলকপনী লৈকোলশিংগী মালী ওইনা ঐ
মিৎ-নহা অনিগী য়াশকী লেমযুদা নাম্থহ্নুনা
ঐ অমস্থং ঐ : অঙাংবা নুমিৎকী মোংহাদবা ফিজোন্দা
ইন্দ্রিগী ইচেল কংখ্রবা খোইরিশিংগী মিনোকলক্তা
চোইজাইননা কেমথ্রবা শক্লগী মরিল হোরবা লৈরাং অমগী ॥
অসিগুম্বা নোং নুংশিৎনা হুমদোল্লবা থাবলগী
অতিয়ানা মশক থংদ্রবা থাজগী ফিজোল অমদি
অঙাংবা য়াশকী নাতৈ চাদ্রবা য়াহৈগী তাম্থাদা
চিনফাগী জগোয় কাওথোকখ্রবা অর্থগী চোইজাইনরবা শয়াং মরক্তা
অচাইবা লৈগী লৈনা অমা ॥
ওসিদি কলমশে থমলি হাংলবা চেবাংশিদা
মশক থংনদ্রবা ময়েক থরদং ইরুনবা
অহুবু ! তপচরবা খুৎইশিনা মচুগী চেমাই থলহনবা ওমখিদে ॥
মঙ মঙুলি য়াখলনা অমম্থশিদা
তাৎকি চথোম চাওবা তাম্নগী
পেন্নাইদবগী লাইজ ইরিক থবনা নোংগোবীগী মিহুনগী বাখু ।
য়ারক্কী অমোৎপশিংগী য়াশক কাইরি য়াথিন পয়াগী তুমলবা মতোন ॥
অহুনা চৎলে ঐদি
নোংঙাল্লমদাইগী মিৎচিনা ইরাংগী মিনোক ওমদ্রিবৈ

॥ লৈই অমম্মুং সনাগি শক্তি

ইরিন ফুনজিল্লবা খোইরিবশিংগী তেংথা ইশৈ তাব্রিঙৈ
থব্লাইগী লিরুংশিদা থব্লাই অমা য়ানশিল্লগা
পোবহুনা পিরাংগী তেনখাউশি লৈকাদগী শেৎথরবা লৈনা অমগী।
অপাম্বা থব্লাইগী লৈকোলশিদা ॥



## ঙাইবা

অহুদগীদি
অঙাংশিংহু
মহৈ মহৈ ময়ুমদা হন্নখে ॥
য়্মাচংলকপদা
লংঙুং অমগী মতোন্দা য়ান্দুনা লৈরী
লাইধি অমা
লৈহৌবীবা খরনা ব্লাহৌরী
পোৎলোইনবগী, মোংকম অমগী
থম্মোইনুংদা মৈগী চীং পুরহুনা
ঙাইরী
অঙাংশিংগা লোয়নবা অনৌবা ঞয়ুক ॥



"নোঙ্কনবীদো"

ডেমোক্রেসিগী এটমোসফিয়ারদা তাওরুরবা
মণ্ডলান কয়াগী তুংদা
ইবানী 'সুম লাপথোক্লরকখি ॥
'হুদগী
ঐগী ব্রাহং অমদা মহাক
মখোল খোকপমখৈ কপলকখি
কপ্পা হৈত্রবোই খল্লুরবী মা ॥



॥ লৈই অমম্মুং সনাগি শজি ॥

# নীংতম্লকপা

নঙস্মু ওম্লগদি হায়য়ুদনা

ৱাহৈ অমত্তং ......... ॥

থম্মোয় শোকপা নোং চুবা অহিংশি

মৈ ওনখি

মৈ ওনখি

হিরোসিমাগী 'থক্তা মিকুপ 'মতা শংজদবৈ ॥

নুংশিবতু উৎলহুনা

অয়াকপা হুমাংশিংতু তৈথোকনৈ

অমনবা থৱাই হকচাং অমম্মুং লৈ পবেং।

অমনবা থৱাই হকচাং অমম্মুং লৈ পরেং ॥

অহিংসি

অচাকপা মোমবত্তিগী মৈওালশিংদা

অশোকপা হকচাংশিংনা উইথজবতু টবগা

পুন্সিশি পুমকাও কাওথোক্লহুনা লৈ পবেং থদংলি ॥

ৱারী ওইনা লীরগদি

নঙস্মু

নঙস্মু

য়োমশিল্লহুনা পুন্সিতু নীংতম্লকনী

থৱানমিচাকশিংগী মপোপ কাইদবা হকচাং ॥



লৈই অমম্নুং সনাগি শক্তি ॥

" মরূভুমিশিদা "

পাইরকই :

চেগী উচেক শঙ্গু শঙ্গু

মরূভুমিশিদা

চিকলহৈনা মচিন্দা হিংলম-চে মীওইবগী ॥

থুনগৎপীরী নুংশাগী মৈশানদি

লমহেল্লবা লৈঙোই পুবা মুংশিৎপু

অম্বা মিনোক অমনা ॥

শান্নরী :

মপুক লাম্নবা শা ময়াম

মরূভুমিশিদা

অকাইবা রোকেটশিং লেংগোম্নরহৈনা

মীওইবগী থোৎলবা শদোং অমগী ॥

লান শোক্নরী

লৈঙোইগী পাক্লবা মরূভুমিশিদা

লাই ফদি মতৈ মনাউ

হিসাবতগী চিথহৌবা ঈ মতুম অমগী

শেৎলহৈনা লানগী ফিজোলশিং ॥

লৈরাং :

লৈ ওইনা শাৎলী

কৈক্ট অময়ুং সনাগি শজি ॥

মরুভূমিশিদা
মীওইবগী পুময়থরবা শদোং
মচেৎ
মচেৎ
শিংতবা ॥
চাংদমনৈ
ঐগী থোংজিন্দা উবা দূর্শশিগা
নওগী শক্তমগা
মরুভুমিশিদা
অশাবা নৈ চন্দোন অমগী।
ঈফুৎতগী চেম্থরকপা
ঈগী তুরেলগী ইরিন্দা
শাশিংনা ইরূপতুন। থিরী
বোম টোপকী অকাইবা মপৈ মপৈ
মচোই
মচোই
মরুভুমিশিদা ॥



## শিবা ভাইবা

ঐনম্বু

ঈ তোৎলবা হকচাংশি
মেৎ মেৎতুনা য়েংই
কু মম্বুংশিদা।
'হুগা থদৎলি
ইখোয় ইরিল শিংলি নাউরী পুম্বা ঐগী
লংজা কাকশিংগীদমক
শিবা ভাইনা
মোংকম তম্না লাকপশিদা।।



# "নোংঙাল্লকপা"

অঙনবা অয়ুক
অমম অঙান অনিনা চেৎনা কোনশিমিল্লক্লনা মথৌ শিন্নবা মতম
মমাশিংনা মচাবু হৌদোকই
অহিংগী অমম্বা কৈক্লুপ হাইদোক্লহনা ॥
মহৌশাগুম
চিংথৈ হুনবা নোংঙাল্লকপা খুদিং
এজিপকী
মকোক মী মশা নোংশা মমৈ লীন
মকোক মী মশা নোংশা মমৈ লীন
পানবা লাইশঙদা
উচেক শিংনা য়াকাইরোল শকপা
ভাবনা শাই :
অঙৌবা লৈ চন্দোনগী বারী ॥
নোংঙাল্লকপশিদা
পিক্লিবা নারাগী হকচাংনদি
মঙ মঙলি
মমাশিংগী মতমবাক্তা নিংথৌরেলশিংগী বারী ॥
থাইনভৈদগী
মথল মথলগী উচেকশিংনা য়াকাইবোল শকপা

## ॥ ঙৈই অমসুং সনাগি শক্তি ॥

ঙুংশিরবা অয়ুক

পুন্সিগী ইতিহাসতা থেংনি ॥

মশিমক্তনি

অয়েকপা মোনালিসাগী হকচাংশি ঐনা

চেকশিঙহুনা থমলিবা

হকচাংগী পুকন্নুংদা অমদি থম্মোইম্নুংদা

নিংথিরবা অযুক অমগী ॥

ঙসিদি

নোংঙাল্লকপশিদা

মমাশিংনা মচাবু হৌদোকই হন্ন।

পাইরকপা উবদা

য়াক্লাইরোল শকপা উচেক শঙ্গুশিংনা ঈ তোৎন তোৎনা ॥



## তুমশিং ফাহৌদ্রবা নুমিৎ

হৌজিকতি

লৈনি খন্দোকলে পুন্সিবু করিস্সু নত্রবগুম

'তুনা কাপলকখো নঙ

লেপ্পা লৈতনা

লেপ্পা লৈত্রবা নঙগী নোংমৈগী মরুশিং

নোং চুবগুম

ঈ তৈববা লাইবকসিদা হন্না ॥



## ওক্তেবী অমসুং ঙা মচা

মখোয় মশেন অমত্তা ওইবগী লিচিংগা লোয়ননা
নুংঙাই য়াইফনা পুন্সি তোলোয়না পানবা য়ানবা
ৱা খন্নে
ঙা মচা ময়াম
ওক্তবাগী মিৎয়াগী ইমাই চোরবা পুক্নিংশিনা পিরাংগী
লাইজশি কংশিল্লকপা উবদা ॥
নোংমদি
ঐখোয় লোয়না শিবা শোয়দবনী
অদুবু
শিন্দ্রিঙৈশিদা খজিক চাউখৎনা নুংঙাইনা হিংননবা হোৎনবা হায়বসি
পুন্সিগী খোংজেল অমনী ॥
খন্নরকই :
ফোং ফোং শানা ৱাখলগী উপুশি নৈন্নবদুনা।
ঐখোয় খরা নুংঙাইনা হিংলকপদি য়াই
মরমদি
ঐখোয়গী লাইরেম্বী তৌজিক শহরদা পুন্সিরোল ভম্বা চৎখি
ফনা ফজবা ৱাকমনি থাগৎপিরকই
ৱারেপ্পরকই :
ঐখোয় মীগী হুমাংমন্দা তাংজদুনা হিংবসি

॥ নৈই অমস্তুং সনাপি ঋজি ॥

চাউখৎত্তুবা কাংলুপনী হায়খিনী ইকাই

অতুনা

ইশাগী তুমাংমন অমদি মথৌ মশক খংজবা হায়বসি

চাউখৎপগী লময়ৌনা ফজবা অমনী ॥

কুইরবগী তুংদা

হল্লকলে ঙসিদি ওক্তবী

মরাইবক্তা ঈগী সিন্দুর নমলতুনা

চুংশিন্নবগা য়োমশিল্লতুনা মীতম্বালশিংগী পুন্সিবু

নৈ পরেংত্তুম অঙৌবা নৈচিল মচেৎ মচেৎনা নৈতেংলতুনা ॥

হৌজিকতি শান্নরে ওক্তবীশিনা পুন্সিবু নৈ ঙইনা

মু থিননা মাগী নৈকোন্দা অঙাংবা উচেকশিংনা থান্ন থান্ন খোংলকপদা ।

পুন্সি মমৈদা

নিশানা ঈ কারবা মনিৎশিংগী

উন মতুমত্তুম পিবাংশিংনা ফমজিল্লকপদা

ঙা মচাশিংনা মঙ মঙলি

মোংফম অমসুং ঈ নৈববা লাইবক ।।

–●–

# "লৈই অমসুং সনাগি শজি"

যুগ কয়া

নওতবু ঙাইজরকপা

চেন চোংহনা পুন্সিগী চিংদোন্দা অমদি লৈকোন্দা

সনাগি শজি

য়েংঙু, সীতা

ফজদয়া ???

অহুপা

হিংচাবশিংবুসু নিংতমহল্লু

লৈই বাংমদা ॥

ইতিহাসতা

তনৌবী দৌপত্রীগী মাইথোংগা

অঙাংবা চেগী পুখমদা

নোকমিন্নহল্লী

নমথেক্কুনা কল্লবা নিপামচাশিংগী হক্চাং কয়াৎশিংগা ॥

অচিকপদা

তপোবনগী হৈনম লৈনম্মা ইশৈ ওইনা শকলকপদা

সন্দীপন মুনিনা

কয়েম্নরহনা নোকই

চমলবা মুশিগী থম্মোই ॥

॥ লৈই অমস্থং সনাগি শক্তি ॥

য়ুগশিদদি
মোনালিসাস্থ
থম্মোই ইরাং হৌরক্লকহুনা লৈ
নায়েগ্রাগী মতমবাক্তা মফি মচেৎ পকতনা ॥
চুম্মী
ইতিহাশ হায়বসিদি লৈ অমস্থং ঈগী রারীনী ।
অস্থম্না
লৈ-শিংগীনি
ঈনা তুরেল ওইনা চেল্লিবসি ॥
মতমশিদা
সনা মচুগী উচেকশিং
মস্থরবা পৃথিবী গ্লোবশিগী মথক্তা
থিরী
মাংথ্রবা মখোয়গী মহুম ॥

×●×

## ভুত অমসুং ঈগীতুরেল

খুঙংশিদা

চমজরবা পুন্সিশিং নমথেক্লহনা

ভুতশিংনা শান্নে

অতাংবা ঈ মরক্তা মীগী মকোক পরেং পরেংশিংনা

তাহনা লৈবা

মথলগী কুম্মে ॥

লানকমশিদদি

মীশিং অসি শা যগগুম্মী

বা ভাংদে

লোন থোক্তে

মমিৎ মমিৎতমক মথেংনৈ

ভুতশিংনা পুন্সিবু লৈ ওইনা শান্নরকপদা ॥

বসিনা ওইবা তাই

রকবা খুঙংশিংশিনা তান্নকলিবা

ভুতশিংগী ঈগী তুরেলশি লানবদা ॥

লাল্লকশিদা

থোনা ফনা নুপি অমদি

ঈ তোংলবা ফিজোলশিং শেংলহনা

চাক,থোংবা চংথিবহু

## । লৈই অমস্তুং মনাগি শক্তি ।

রাংমগী পৃথিবীশিদা
মোংফম মচা মচাশিংনা ভাইহনা লৈ ।
অমম্বশিদনা
ঈনা ইচেল নাইববা খুঙংশি
মোংহাদনা উই
অহিংগী খুইরবা মখুৎনা পাইরকপদা ।
মতমশিদা
লানগী উচেকশিংনা
পুন্সিগী চিংদোন্দা অমদি লৈকোলদা
খাক্ক খাক্ক খোংলকপদা
ঈগী তুরেলনা চেক্সবকই লৈকোল তম্না ।



## অমসুং লৈশাবী মমা

নঙদি লৈ

খোঁনা ফনা পুন্সিবু লৈ ওইনা খনবা ঙম্মী

অহুনা

নঙবু মুংশিহনতা লৈ

নঙবু মখোয়মনা নিংশিঙহনতা লৈ

ঈনা নুমিৎ ওইনা খোকপা অবুকশিদস্সু ॥

অহুনা কর্ণ

নঙগীদমক অঙৌবা লৈ পবেং, চেগী হী

নোংমদোন্দা লৈশাবী মম'শিংনা শাহোৌরী

ফংনিংলুবগী ঈখোঁলাংবহু লৈনা মচাদগী

অনৌবা শুৎ মচা অমা ।।



## ঐ অমসুং বিন্দু

ঐ লেপলি

মালেমগী মথবাক্তা নেৎলহুনা

বিন্দু অমগী

অচৌংবা গণতন্ত্রগী ঈ মরক্তা

পুমথরম্ব শদোং ওইনা ॥

ঈ চেনত্রবা হকচাংগী কয়াৎশিংনা

মফি চেকশিনত্রবী পৃথিবীগী চিংলেম্বা

লম্বীশিদা

নিংজম্বা পামলকখিবহু অশাগী চিনবান্দা

অশাবা নিংশ্বা মপী অমগী ॥

ঝ্বেংঙ্ :

অহিংসি কয়ম্না লেল্সিপে

চরাংনরবা থম্মোইশি থেমজিল্লগা পিরোইননা

মোংহাদবা পৃথিবীগী থবাক্তা কোল্লহুনা

ঐ অমস্তুং ঐ !!

ঐস্থু থাজদে !

অম্বুমনা মফি কোম্না ফমথরকনি হাম্নবা

বিন্দুশিংনা

ঋাওনবা ঙমত্রিবা মুংখিল পোযোপশিদা ॥

॥ লৈই অমস্থুং সনাগি শজি ॥

অহুবু

চাইশিনবীরম্মী শকথংনদ্রিঙৈ ইমিৎশিদা

মশা নারবা ঈরিকশিং

'হুগা নমশিনখি

ক্ষ, ক্ষাহুনা মখোয়গী শেত্রানুংদা

লমজা শাবাগী মচাশিংহুনা

মফি থোংদবা

চেগী মমলদা ॥



## অমসুং চুরুপকী মৈখু

চিনবানগী য়াংমদা মখোয় মনিং তমনখি ॥

চংজফম পী,
মশক মনম থাদবা মৈখুশি
মিরক তিনদবা অয়ুবা খাঙপোকশিদা ॥
মোংহাদবা মতৌ,
অঙৌবা শাবান ফবা উরগা
থয়াইনা জগোয় শাই
তিংথৌ মতোন্দা পকপা ঐগী
মিকুপকী লৈতেংবা লিক্লাই মতুম
উরুরগমু
হায়রকই : মরূপকী য়াহৈ কাওফরোই ॥
অমসুং থরাই হাইরপ কুপ্পা থন্নরগা
লম্মীশিদা কৈথেল অকা অকুমনৈ।
মকন্থি ফংতবা মিকুপ অমদা অমুক লম্বেল তোঙালহল্লি।
ঐনদি হায়খি চংলমদাইদুদা
নখোয় পুন্না চংমিন্নৌ, লৈমিন্নৌ
অসুম
অসুম
অসুম
ঙৌরুনরবা থাবলগী ইন্নফি মরূমদা ॥



## কণ্ডাওনবা

নাওশুম ইশৈনা খংলি
লৈশাবী মমাহুগী
ঐখোয়গী পিকনিককী হিনাউশি
চেকপল ওইনা ঈপাকশিদা ॥
কাওরকই :
অণ্ডাংশিংহুনা মমাগী মথবাক্তা
খোঙ্গাংগী দাবীনা ইপোম নাইনা চেল্লকই
ফিবান যুশিল্লকলিবা ঐখোয়গী চেগী হিশিনা
মণ্ড মণ্ডলি
অশাবা নিংশ্বা মপী অমগী ॥
ঈগী কুয়োম কংদ্রিবা অণ্ডাংশিংহুনা
ফৈগাক ফৈনা শেৎলহনা ফৈবোমশিংহু
মমাগা
ভৎতনা হংলি :
পলেম অপোকপী
"ঐখোয়গী পম্ভো কনানো ?"
মিকুপ :
হেক থুংলৈঙে অণ্ডাংশিংহুনা পৃথিবীশিদা
খোং খোৎতুনা যেংঙৈ মথুংজিনশিংহুনা

লৈই অমম্নুং সনাগি শজি ॥

অমাং অতোঙ হিসাব শুনৈ
মমল কাদে শাখপনরকই ; পেন্দবনস্থু মাংশিন্নৈ
মপান থোকচিন্নৈ মানা মানা থোকপা ॥
ঐথোয়গী হি-না কণ্ডাওনবী
যুং অমম্নুং থিগী পাক্লব' ঈপাকশিদা
মপোকশিমগী নিংবা কাইনা ॥



## মিংতাংবা অমসুং হাংদোক্লবা খোংনাউ

মাদি শাৱৈ

নুংশাগী মৈশানা চাকখেল্লবা কয়লাশ 'থবশিদা

অথোংপা উনশাশিংছু নপশিন্নছনা ।

উফুল মরিক্তা ইয়োম য়োমশিন্না শহরশিংগী

অমম্বনা নপশিনবা মাগী অভিয়া মকোয়শি

ইং তপলিবোই নিংথি ।

ভসি

ঈ থোকলবা অহিংশিদা

লানগী উচেকশিংগী খোঞ্জেল তারগা

মীৎতাংবশিনা

মীপাইজনা চুংশিঞ্জবা থম্মোই মচেৎতু

অহলগুম

রাজনা উই ।

ঐনস্তু :

মমায় অনি পানবা রোমানশিংগী জনাশ (Janus) কৌবী

সাইরেম্বীগী মনিং থংবা মমায় অহু কল্পানা

উক্লবা মাম্না শাগৎলি ঐনা ।

শহরশিদা

ঈগী নোং চুরকপদা

অঙাংবা উচেকশিংনা লাক লাক খোংবদু

## ॥ লৈই অমম্বুং সনাগি শজি ॥

অনৌবা মোংফম থিল্লিবনি খল্লি ॥

নোংঙাল্লপদা

ইক্লা চেকশিন্না শেম শারিবা হিটলাবগী কেম্পাশিনা

নাহেরকপদু তারগা

য়েংলি

দারয়িনশিংগী অতিয়া খেংনা ৱাংব, হাংদোক্লবা থোংনাউশিংদু

উবা শানা মমিংতু ॥



# প্রেমলাতাগী লুহোংবা

নীঙোল পুন্সিগী

কুইনা ঙাইজরকপা

কপ্পা নোকপা অনিনা নপশিন্নহুনা য়োমশিনবা তবাবা নিংথিরবা নুমিৎশিং

ঙসিদি লাক্লে।

ঙসিদি।

ইকং কংবা ফাইরেলগী নুংথিলশিংদা লমদমশিগী

উচেকশিংনা রানা মহুম শাবা খোরদাঙবদু নঙনা

তায়া

বিদাইগী খুৎশাশিংনা হৈনদনা হাইরম্লগনী ॥

নুংথিলশিদদি

ঐস্মু য়াই

লুহোংবা হায়বসি অনৌবা মপোক অমনি।

তায়া শান্দোকখ্রিবা

অমুবা চিংশাংশিংগী অমম্বা কক্লাংশিংদা য়েকলিবা

তায়রবা হি অনিশিনা চাংদয়হুনা হিংবা

পুন্সিগী মঙ অমনিস্মু খল্লি ॥

নুমিৎ য়ুংবগী

মহুম কাইরবা উচেকশিংনা থাক্ল থাক্ল খোংলিবদু

লৈ পবেং থদংলো হায়বনি প্রেম ॥

## ॥ লৈহ্রই অমস্থুং সনাগি শক্তি ॥

ঙাইহাক লৈরগদি

থুংলরগনি

মচিন কন্বা মেদিকেলগী ছাত্রশিং

মেৎ মেৎতুনা য়েংলরগনী

মস্থববা নংগী হকচাংগী উনশাশিং ॥

মতম :

পাইদুনা শাহ্বরক্লগনি

অচাকপা মৈবুলগী সুমিৎ

মরাল চাওত্রিবা পি মবিকশিংনা নঙগী ॥

পুক্নিগী নুমিদাংশিনা

চেকশিন্না লেংজরকপা লৈ পরে সি থদৎপা ঙমদনা

অশাবা পি মন্নিক মন্নিকশিংনা মোংফম শেমলহুনা

অকাইবা চেগী হি অমদা অশোকপা নঙগী হকচাংনা চৎখিবা

থৌনা ফনা য়েংডি য়েক্লবগী নীংতম থিরালনা পাইন্নিবহু ঐনা ॥



## অমরগী খোঙচৎ

প্রেম
নঙ অমুক হল্লকলগনুকো
নঙ ঐগী থাজনি ।
মিৎয়েংফমনি ঐগী ॥
শরুগী মুর্তিদা
নঙনা
হাইবাংদোন শাম্বা উরগা
ইশিং খুজোক অমদা
মাইথোংসি হরাওনা য়েংজৈ
মহৌশাগুম ওইরবস্থু ॥
অদুনা প্রেম !
নঙ চৎলোকো কপলগনু অমুক
উরগা খজাইগী মরাল চাউথ্রিবা পি মরিকশিং
করি হংগনি ইমানা ??
উরগা
থোনাগী মতৌ মানবা চিংলেম্বা মিনোক
করম্না য়েংহুনা লৈহৌনি ঐনা ॥
নঙগী পুন্সিদি
অমরগী খোঙচৎনি
ইরৈবাক্তীনি ॥



# মিনোক

ঐস্থু নোকে
মিনোক অমত্তং
অসুম পেন্নাইদব !!
নঙস্থু নোকউকো
চৎলুরগা হিমালয়গী সন্থোংদা
মোংহাদবা মিনোক অমতং নোকনিংদনা
ফজরোইদ্রনে ফজবীনা মিনোক তম্ববু ?!
ঐস্থু পিকলিঙৈদদি খল্লম্বনী
পুন্সিসিমা মিনোকশিমগা কোম্লজরগে।
মিপাইরক্লি চৌজিক্না
মমল হোংলবা সুমাং লিলাগী মিনোক উরুরগা ।
য়েংঙু,
অশেংবা নুংশিৎ খুজোক অমতং কংখিব্রবা মরুভূমিশিদা
মথাদগী ক্লোরোফিল মুনবিথ্রবা উনাশিং অমদি
নঙগী মুরংনরবা লৈচিল নোংকাইগী মাইখোং, মিনোক
মরাল চাউখ্রিবা চিংনবগী শমক্রু অনিহু মমল লেপলি।
ক্রিটিককী থম্মোইনস্থু মমল মাওদে শাথপনরকই ।।
ঐস্থু খংদে !
মাগীসি করি হায়রিনো
নোকতমক নোকশিল্লকই

॥ লৈই অমম্বুং সনাগি শজি ॥

অঙাংবা অঙৌবা শংবান্নবা মিনোক কয়া
অহিংগী অতিয়ানা নাওশুমগী ঈশৈ শকত্রিঙৈ
মঙাল পীবা ঙমত্রবা থাশি অহিংগী থাম্মোইগী পাউদম অমদি
শরুগী মিনোক, লেম্বা হৈনজত্রবা অমম্বা অমম্বুং
মফি কোম্বা শতাব্দীগী মুপিশিং চংশিল্লকলি অতিথি ওইনা ॥
চুংশিন্নরম্বা থম্মোই অমনা থম্মোই
ময়েক শেংলকখি
হিংবগী অতিয়া হিংবগী পান্দম
মাইথুংনরবদা কাইনবনা হাংলবা চাকখাউ ওইনা ॥
অতুনা মথংগী মপোক্কী দমক্তি
পোকচগে ঐস্মু মনিং তমলবা লাইশন ওইন।
অতুগা ঙাইরমগে নঙবু
নিংথিবনা হৌনশা ওইবা লবুক লঙ্কাংতুনা
অশেংবা নিংশ্বাসোর অমগা ॥
ঙসিদি আশাগী চিনবান্দা শংবান্নবা মিনোক তমগে
অস্নুম লোমনাইদবা !
নঙগী বিধাতাগী খুজিন্না খোৎতংলবা থম্মোইগী শেংলবা
মপাঙ্গল য়াওদ্রবা হনুরবা হমক্রুশিং কেন্নবা।
নঙগী মিনোক হুতুনা ॥



## মোংফমগী মিনোক

হায়জরিবসি ঐনি
লান হায়বসি ঐ সুকপাম পামজদে
নঙগা
ঐগা
অনিমকস্থু শোরবা কুমৈশি তোকশি হায়না ॥
মসিনি নংদি
ঐ থকপতনা পামজরিবা
নঙগী থম্মোইগী
থৌনা কনা হাইগৎলিবা থাংশাংশিনা
নিংতম্মকপদা
মোংফম মচা মচাশিংনা ঙাইতুনা লৈবা
নঙনা পামজবা ॥
নোংঙাম্মকপদা
চেন চোংতুনা শাম্নরগনী
অপাইবা লৈচিল মচেৎ মানবা উরোক শঙ্গুশিংনা
মিৎয়েং অমগা লোয়নবা নুংশিরবা অয়ুকশিং
লৈকোলশিগী ॥
থল্লমদবনী ঐসু
লৈকোলশিনা

॥ লৈই অমস্থুং সনাগি শজি ॥

নোংমদি ওইরকনী হায়বা ঈগী তুরেল ॥

ওসিদি

করিবু খনখিগদবনো

মিপাইজৈ

চেক্লাশিংনা দৃর্শশি উরগা ॥

থাবলদা

নংনা কাদোক্লবা শয়াং থাদোকুনা ঈকজবা উরগা

ঈগী তুরেলশিদা

শিংনরদুনা পুন্সিবু চেক্লাশিংনা থাক্ল থাক্ল নোকই

অঙাংবা লৈ অমগী

অনৌবা মোংফম শেমই ॥



=

ঐ অমসুং

ঈ-তোংলবা খাশি হিলস

2nd ওক্টোবর, শিলং

ঈ তৈরবা খাশি হিলসকী চিংশাংশিংনা

নুংশিনা কোনশিনবী

ঈনা পুমচোৎ চোংলবা বাপুজিগী হকচাংবু

থম্মোইদা নুংশিবগী ইফুৎ থোরকপদা ॥

ওসি :

মমগুনরবা মোমবত্তিগী মৈঙাললক্তা রানা

লাম্নীশিংনা উইথজবগু

উরগা

অহিংগী অমুবা অশাংবা মখুৎনা নমথেক্লুনা

মক্তি মুনবী খাশি হিলস ॥

হৌজিকত্তি

ইকোক কোকপা খাশি হিলসকী অঙৌবা হকচাংনা

ঙাইহনা লৈরী

লাম্নীনা ইকোই কোইশিনবা বাপুজিবু

গণতন্ত্রগী অঙাংবা ঈ মরক্তা ॥

অহিংনা কপচৈ

লৈবাক ঙাকপা নোংমৈ পাম্বশিংগী

## ॥ লৈহৌ অমসুং কমলাগী শক্তি ॥

খোংউপকী অরুম্বা থাংবদা ॥

লমদমশিদা

মুঙনা শাবা বাপুজিগী হকচাংনা

ঈ থোকললকপদা

থাশি হিলসকী নাউপোমদা রানা মহুম শাবা

উঃচকশিংনা থাক্ল থাক্ল নোকই ॥

অথেংবদা

থাশি হিলসকী তনৌবী থজাইনদি

মোমোন নোকচৈ

অহিংগী অমুবা শমলাং মরক্তা ॥

নোংঙাল্লকপদা

য়েন্দায় থম্মা

ঈ তোৎলবা লৈ-শিং পুরহুনা

চৎলি নারাশিং

মোংফম তম্বা লম্বীশিদা বাপুজিগী ॥

×●×

## অয়েকপা মুত্তি

পীশক পির্কলিউতেলগী

মীংকুপ মতা শংজদবৈ হৈনবীহু থমলহুনা

ঐনা য়েকই

কেনভাসতা

ঈগী তুরিনা

তেক কাইরবা মুত্তিশিং খুজংশিগী ॥

ঐনা

খুজংশিদা হেক থুংলউদগী হৌজিককাওবদা

তোয়নমক উজবা হায়ববু

শিববু লৈ পরেংশুম খনবা অসিনী ॥

লান হায়রবসি

খুজংশিগীদি

হোল্লিবা নিংশাস্বোর ওইরে

অহুনা

লেপ্পা লৈতে

ঐগী ঐগী লানকমদা

হাৎনবা শুমবগী ॥

অসিমক্তনী ঐনা

তেক কাইরবা মুত্তিশিং

য়েক য়েক্তুনা লৈরিবা

নোকচবা শুমদনা ॥

## ॥ লৈই অমম্বুং সনাগি শক্তি ॥

পীক্লিবা নাহাশিংনা
মমাশিংগী মতমবাক্তা চেন চোংহুনা নিংতমজবত্তু উরগা
ঐনা খল্লি
নোংমদি ফংলকখিবা য়াই অমম্বসিদা মঙাল অমা ॥
কেনভাসতা
ঈ তৈরবা তুরিশিনা
নিংতম্লকপদা
অঙানবা মৈবুলগী নুমিৎশি কংশিল্লহুনা
য়াম্লুনা লৈ
শহুম মচেৎকুম মিংচাম্লনা অমম্বা ফক্লাংশিদা ॥
অম্বম্লা অমম্বা ফক্লাংশিদা
ঈগী মচুনা
ওক্কবীগী অমুবা শম্লাং মরক্তা
খাজনা লোৎশিনহনবত্তু উরগা
অয়েকপা মুর্ত্তিশিংনা
ফন ফন চোংথোরকই ঐঙোন্দ তম্ল লাউখোংলহুনা
হেন্দ সাব
নখুৎতকী খুৎলাই থাদোকউ
নংনি
অস্থুক কুইবা ঐনা ঙাইরক্লিবা
হেক থেংনবা মীৎকুপ্তা হাৎকে হায়হুনা ॥

●●

## থাবলচোংবী

থায়নথৈদগী হৌনা
লিরবা ইতিহাসকী লামায় খুদিংদা সনাগী
ময়েকনা চেন চোংহনা শায়জবা
থাবলচোংবী
ঐখোয়গীনি
মণিপুরী ঐখোয়গী ॥
শরৎকী থানা অঙোবা ফিজোল ইল্লগা
পানা ঙৌনা শন্দোকলিবা লৈচিলগী থোংনাউ হাংদোক্লুনা য়েংলি
মপুন্সিনু
মপোকথোক্কী মুংঙাইজবা ফোংদোক্লহনা
থৌনা অমসুং কথোকপগী হালেংত্রবা
মিতৈ মুপিশিং
লোয়নবা
থবলচোংবী ॥
ঙসিদি শিল্লক্লে
থাবল পুং:খালগী মহুত্তা
বোম টোপ নোংমৈগী অহৌবা মখোলশিংনা ॥
ফনা চাউখংলে খন্নরিবনি মশিং লিক্লবসু
ইরৈবাকশি
নোংমগী শিবা লেপতবা মণিপুরীশিংনা ॥

॥ লৈই অমসুং সনাগি শজি ॥

'সুমাইনা' সুম পুন্সিবু মিপাইজনা চীংবসি
যুগশিগী থারবা ইতিহাসশিদা
খোৎচিল্লি ঐনা ॥

অসিগুম্বা

নৈনম্না হাংবা থাবলগী অহিংশিংদা
মবুং মৌপ্বাশিংগী অশিবা হকচাংবু কোইশিল্লহনা
ঙাইরি য়োমশিংবু
চিনবান্দা থৌনাগী মিনোক উৎলহনা ॥



## অমসুং ঐ ঃ অঙাংবা বিন্দি অমগী

মিরক তিনদবা নিংশিংবগী আশাপুবা মখোলশিনা য়ৈরকউে থম্মোয় শোকপা অতোম্বীগী মচাগী পি-শিংনা জগোয় শারী। নাইতোম চাবা অহিংগী অচিকপগা নঙগী শক্তমগা মোংফমগী লম্বীশিদা খুৎশোক্নরী॥ নৌনা পীখমনথ্রবী ইরাং পুবী থরানগী ফিগোম্নবী নামিবশিগা ঈখেং হাথবিবা থম্মোয়গী লৈনা চেনবা তৌথ্রিগী মখোলশিগা চাংদম্নহনা লৈ। মিত্তাংলবা ঐথোয়গী পৃথিবীশিনা মিশুম হৈবী মশানৌগী মপোপ কাইদবী মাইথোংবু নিংশিঙবা পিরী ওক্সিজেন হকথেংনবা থোঙনাউহ্নদা ॥ নিংশিঙবগী থম্মোয় শোকপা তৌথ্রিগী মৈচাক পুবা মখোলশিং অঙাংবা বিন্দিশিংনা মাংহনখিবম্মী। ইবাং পুবী চান্নবীগী রাশিনা মোমোন নোবপা বিন্দিশিং অহিংগী চেন্নাশিংনা ফকত্তোকখিবম্মী ॥ 'হুদগীদি ঐ অমত্তং মা মৈচাক ফংলবা পৃথিবীগী মথাক্নুংশিদা হিপথমিন্নবে হুংহিক্লনা। লেমহৌবনা মঙলান্দা ওইথোক্লবনা মশল ওইবা থাজবগী হুংহিক্নরিবা রাশিহুদা উচুল তৈরবা খোংপাক্লা নেৎলগা অঙাংবা বিন্দি অমগী : ঐ অমস্নুং॥



। লৈই অমস্মুং সনাগি শক্তি ॥

ইম্ফাল

হৌজিকতি

অশিবগুম

বন্দি ওইনা লৈ

ইম্ফাল

ঈখেংগী জগোয় মরক্তা ॥

মতমসিদস্মু :

মৈতৈ নোংশাল্লেলশিং

অঙাংবা চেংগী হি অমদা

চৎলি

লৈ চাইরম্বুনা

মুংশিবা শাবা য়েক্লবশিংগী ॥

ওসিদি

ইমাগী অঙৌবা হকচাংনা

খেৎতুনা শাহৌবা নঙগী মাইথোংগী ফজবা

মস্থরকই :

মীতোপশিংনা

মাইথোংদা অমুবা কোই ওইনা হৌজিল্লকপদা ॥

হিংলিবশিমক পকচত্রবস্থ

থৌনা ফবা

=




॥ লৈই অমম্লুং সনাগি শজি ॥

মৈতৈ মচাশিং
মীনুংশিদি পীক থন্না লৈ থম্মোয়দা ॥
শহন্নশিদনা
মুংথিলদা তুম্বা কাইরবা শজি অমোমশিংগী
মিকপথোল তারগা
নোংশাশিংনা
কিরহুনা কোইচেল চেল্লী
শজি মচাগী উমংদা ॥
অথেংবদা
নোংমগী লান লোইশিনখিবগী লিক্লানা লৈনম ওইনা চাইথরকপদা
সনা মচুগী উচেকশিংনা শক্লকই
মাংথ্রবা খুলং ইশৈগী ছন্দ ॥
মীৎকুপশিদা
অশোকপা হকচাংশিংগী
শিংলিদা ঈ চেল্লকই
হৌখ্রবা ইতিহাশকী য়ারী ॥
অহুনা ইম্ফাল
নঙগী দমক
শংলগনি থাঙখুমদগী থাঙশাং
লান পামদবা থমোইশিনা ॥

×●×